[illegible]

# রাজা ডুম্ব্রগী জীবন চরিত্র



মোইরাংথেম তোমচা সিংহ

# রাজা ডুম্ব্রগী জীবন চরিত্র

মোইরাংথেম তোমচা সিংহ



রিন্দা লাইব্রেরি এন্দ প্রিজার্বেসন ফাওন্দেসন
মণিপুর

# RAJA DUMBRAGEE JEEBAN CHARITRA

**By : Moirangthem Tomcha Singh**
*Keishampat Leimajam Leikai, Imphal*

*Rs. 30/-*




অহানবা ফোঙবা : সেপ্টেম্বর ৩০, ২০০৮

অফোঙবা : রাজেন খুমুকচম

ফংফম থোকপা হক : অইবা

কপী মশীং : ৫০১

মমল : লুপা ৩০/-

নৈনবগী হীরম নৎতবা অতে মবম অমত্তদা লাইরিক অসিগী কবিগুম্বা শকক অমত্তা অইবগী অয়াবা য়াওদনা শীজিন্নবিদনবা নীংশিংজে ।

নম্নম : বিঃএসঃ প্রিন্টিং প্রেস, শগোলবন্দ রোড, নীপা কৈথেল, এরিয়ান থিয়েটর মনাক, ইম্ফাল ।

# অফোঙবগী ৱারোল

শ্রী মোইরাংথেম তোমচা সিংহ, ঐগা য়াম্না লূনা পাখণ্ড ওইবিঙেদা তিন্নজবা মকপ অমগী অপোকপনি। মকপকী য়ুমদা চংলুবা খুদিং পাবুংসিনা তেবল-চৌক্রিদা নীংথিনা ফম্নদুনা মখল-মখলগী দিক্সনারি ময়াম পুথোক্তুনা নোম্নদুনা পাকথবগা ইদুনা লৈবম্না হেক-হেক থেংনজখি। মতমদুদা ঐ, পাবুংনা ইবিবদু কবিনো থোয়না খললুদে।

মতম কুইববগী তুংদা, নোংমা, মরুপতুগী য়ুমদা চংলুই, পাবুংবুসু হংলুই, নুমিৎ অদুদসু পাবুংদু নোম্নদুনা ইদুনা লৈরম্মী। ঐনা কৌরুবদা পাবুংনা- "কুইরেদ নঙদি ঐখোয়দা লাখিদবা"... অসুম্না ৱাবী শান্নবদা পাবুংনা ইবিবা ময়ামদু লাইবিক ওইনা ফোঙনবা ইবা ওইবমখি। ঐঙোন্দা পুথোক-পুথোক্তুনা উৎলকখি। লাইরিক ওইনা নমথোকপদা লমায় চাতকক্রোম পানগদবা, লিশিং অমা খবা হেন্না পানগদবা ভাক্তা ওইবমখি। ওম্লেক্ল লূনা-নান্না মপুন-মপুন য়োম্নদুনা থন্নমখি। ঐনা হংবদা পাবুংনা- প্রেসতা হংলুরে, লাইরিক ওম্লোকপদা লুপা লাক্ষ অমা খবা হেন্না চংগনি ঙাক্তা হায়রকই, মদুদা নম্বা ঙমদদুনা লৈরবনি। সবকাবনা ফোঙখিবসু য়াওরে হায়দুনা উৎলকখি। ময়ামদু উরুরবা মতুংদা ঐনা লাইরিক ওইনা ফোঙদোক্লীংলবসু ঐগীসু অদুক য়াম্বা শেনফমদি লৈতবনা খ্বায়দগী পীকপা অমতংদি পীবিয়ু ফোঙজগে হায়দুনা হায়জকবদা পীবীবক্তুনা পুরক্লগা ফোঙজবনি। লাইরিকসি ময়ামগী মফমদা পাবিনবগীদমক খুৎশিন্নজরি।

রাজেন খুমুকচম
মেনেজিং ডাইরেক্টর
রিন্দা লাইব্রেরি এন্দ প্রিজার্বেসন ফাওন্দেসন
মণিপুর

# ৱাহৌদোক

মণিপুৰ পব্লিক হায স্কুলগী মমিং, ৰাজা ভুম্বুৰসিংহ হায়স্কুল, হায়না ওনখিবা মতমদা, ৰাজা ভুম্বুৰসিংহগী ষ্টেচু স্কুল বিল্ডিংগী মমাংদা থিল্লিবা অসিগী মাযখুম হাঙদোকপা নুমিৎতা ৰাজা ভুম্বুৰসিংহ্ বড সেনাপতীগী জীবন চৰিত্ৰ মতেক অমা, ঐহাক্না স্পিচ পীবদা য়াওখি। ঐহাক্না পীজখিবা ৱাফম অদু, অখণ্ড- অহে্ কয়াদগী খোমজিনজবা, মকওইনা শ্ৰীযুৎ মহাৰাজ চুড়াচান্দ সিংহজীগী সনা হাক্তক্তা ধমান্দি গুৰু ওইখিবা ধমান্দি গুৰু শ্ৰীচুম্বাশশী শৰ্ম্মাগী মচা- মশু ঐগ্যাশিংনা তাকপীবকপনি।

স্পিচ অদু ইথোক্তুনা পীবকউ হায়না তাং ১৫/৭/১৯৭০ ইংদা স্কুলগী হেড মাষ্টৰনা ইবকপা অদুদা পীজখিবা অদুগী কোপিনি ফোঙলিবা অসি।

অচুম্বা, মপুং ফাবা, ৰেকোৰ্ড লৈহৌনবা কনাগুম্বনা তাকপীবক্লবদি যাম্না নুংঙাইজগনি।

এম তোমচা সিংহ

# রাজা ডুম্ব্রগী জীবন চরিত্র

খৃষ্টাব্দ ১৮৭১, মার্চ্চ তাবিক ৭ শকাব্দ ১৭৯২ ফাইবেন নিনমাং (শুক্লা) ২৮ নি পানবা নোংমাইজিং নুমিৎতা **শ্রী রাজা ডুম্ব্রসিংহ** বড সেনাপতী , সনা লিফকথক্তা তাইবঙ মীকপ থোকখি। শ্রী বাজকুমাব চাউবীযাইমা ( খ্বাইনা মাইখুম্বী হায়নসু খঙনবা) পম্বৌ মপাবুংনি, পলেম অপোকপী মমা শিজ ইবেম্মগী, কোলোয়না ললিতা মঞ্জুবি কৌই। হান্না নুমিৎ লৈমা কৌই। ডুম্ব্রসিংহ কুষ্ঠিগী মিংনি পীক্লিঙৈদা পলেম পম্বৌনা নুংশিনা থোনজবা মিংনা সনাজাওবা কৌই। সনা চাউবীয়াইমা কুষ্ঠিগী মিংনা টুম্ব্রা সিং মৈদিঙঙু নবসিংহগী, মচা ইবুংঙো ভুবনস্না যুববাজনা পোকপা, মশুনি। বাজা ডুম্ব্রসিংহনা পোকপা মতম মৈদিঙঙু সাব চন্দ্রকীর্ত্তি কে সি এস আই গী সনা হাক্তক্তনি। চহী অদুদা সুক্তে হাওবান তৌখি। মণিপুব শিমনা লানশিন্দুনা মোম্বী হিবোই য়ৌশিল্লকপদা মৈদিঙঙু চন্দ্রকীর্ত্তিনা মৈতৈ লাম্মী পুদুনা সুক্তে মাযথিবা পীখি, গোখোথাং অমসুং সুক্তে লাম্মী ১,০০০ অমা ফাবকখি। গোখোথাং মণিপুব জেলদা শিখি। কুম অদুমক্তদা লমহেনবা লাকঙম ফাঙমদবা অব্রাং

লুসাইস্ লাল হৌখি। পোলিটিকেল এজেন্ট মিষ্টব কুইন্টননা মৈতৈ লাশ্মী বৃটিশ সবকাব লাশ্মী পুদুনা লুসাই লালহৌবশিংবু মায়থীবা পীখি, মণিপুব ব্রাংমা লান্না তাঙ্খোকখি।

ভুম্ব্রসিংহ ওর্ফে সনাজাওবা, ডিম্ভু সিংহ ওর্ফে সনাযাইমা ওর্ফে দেব সিংহ, চন্দ্রহাস, দিগেন্দ্র সিংহ (থাংজবী চিত্রবতিনা পোকপা) চুডাচান্দ ওর্ফে অমুম্না সনাচাউবীযাইমগী মচা ইবুংঙো ঙাক্লি।

মুক্তাম্না, তকোনম্না (অঙাং ওইনা নৈশাবী ফাবকপদা লৈখিদ্রে।) মচা ইবুংঙোশিংগী মবক্তা তোমথিন শাৎপী মজা ইবেম্মশিংনি।

১৮৮৬, মে থাদা মৈদিঙঙু চন্দ্রকীর্ত্তি নোঙ্গাখি, মচা ইবুংঙো সুবচন্দ্রনা মৈতৈ সনা লৈবাক্কী নিংথৌ ওইখি। মৈদিঙঙু নব তাঙখোম্বগী (নবসিংহগী) মচা ইবুংঙো অহল সনা বোডাজাউবা, যাইস্কুল লাকপনা মৈদিঙঙু সুবচন্দ্রগী মথক্তা লালহৌখি। খ্বাযনা ঙসি ফাওবদা য়াইস্কুল লাকপগী লাল হাযনা নীংশিংনবি। বাজা ভুম্ব্রসিংহগী মপাবুং ইবুংঙো সনা চাউবীযাইমা মপাবুং যাইস্কুল লাকপগী থৌগল ইনখি। মৈদিঙঙু সুবচন্দ্রনা হাযজরুদুনা বৃটিশ সবকাবনা কাছাব ফ্রন্টিযাব (পুলিস) সিফাই তেঙ্গোল থাবকখি। খঙহৌদনা মায়োক্লরুবনা থাজদবদগী শেম- শাহৌদদুনা যাইস্কুল

লাকপা মায়থিখি, বাজা ডুম্ব্র সিংহগী মপাবুং ইবুংঙো মণিপুবদা লেঙথোবকপা য়াদবনা কাছাবদা লৈখি। য়াইস্কুল লাকপগী মজা ইবুংঙো অমা, মনাও ইবুংঙো অনী, লানফমদা চঙনা নোঙ্গাখি। যাইস্কুল লাকপবু হাজাবি বাক্তা পুন্সি লেলহনখি। মচা ইবুংঙো অতোনবা চান্না লুনা তৌজবা, অমুন্না মমৈদা হুয়েল লাংজন ফাবা মৈদিঙঙু সাব চুডাচান্দ সিংহ মহাবাজ কে সি এস আই সি বি ই ভক্ত বাজর্ষি শ্রীকুণ্ড সেবা বিনোদ গৌব ভক্তি বমার্ন্নব চহী অমবোমদং নাওকোনবীবম্লগা মপা ইবুংঙো সনা চাউবীয়াইমা পুন্সিগী ওইনা মচা ইবুংঙোশিং, মমা ইবেম্মশিং বিদাযগী মতমদা উন্নদনা পূক্লিং যাম্না নুংশিনা মৈতে সনা লৈবাকপু কাউঙমদনা হন্না হন্না যেং কছাব তম্না খোঙশানখি। মবুধৌ ইবুংঙো বামানন্দনা (মমৈদা মোইবাং নিংথৌ) বাজা ডুম্ব্র সিংহ, মনাও ইবুংঙোশিং, মচন ইবেম্মা, মমা সিজ ইবেম্মগা লোয়ননা হান্নদগী হেন্না, লুনা চান্না নাওকোনবীখি। মপা ইবুংঙো সনা চাউবীয়াইমা চহি খবগী মতুংদা ললাংদা লাইবৈবাক তানখি।

১৮৯১ হেক হৌবদগী মৈতে সনা লৈপাক তমথিববা নোংদম্বগী অখাবা মিৎয়েংখাদা, হায়ঙমদবা অব্রাবা খাঙনা চহী চুপ্না লেনখি। নীংতম্বগী তাঙ্ককনা লোইশিলক, মীখা পোনবগী মতাং যৌশিল্লক, তাঞ্জা শোযখ্রগনি মতাগুম মৈতে মীপুম খুদিংগী, উনবী মবাংয়াইদা নোংদম্বনা চংবা, ব্রাখলগী খুর্জ্জি পায়খিবা,

মিৎকুপ নাহুম য়েংদুনা শোযখিনি মতাগুম খু তোযনা শেল্লকপা, অদুগুম্বা মতমনি। মৈত্রবাক্কী পুয়াদা লৈতাই- ব্রাতাই চাঙহোংবা, ব্রাখলগী ঈচেলদা তথকপা অবি- অনৌ শিন্নবা মতাংনি।

১৮৯০, সেপ্তেম্বব তাবিক ২০ দা মচিন- মনাও নুংশিনবা য়েংথিনবগী লুতোন কানখিবদগী সেনপাতি টিকেন্দ্রজিৎ ওর্কে কোইবেং যুববাজগী কাঙবুনা লান্দাবক্তুনা কংলৈপুং সনা মযোন্দা কোনুং চেকপল ব্রাংমা লাল্লকপা অমদি নোংমৈগী শউম তাবদা মৈদিঙঙু সুবচন্দ্রনা হাপ্তা বাঙ্গলা তম্লা সনা খোঙযানখি। পোলিটিকেল এজেন্টদা হাযজবা, অবেম্বা তাখি। অঙকপনি নোংদম্বগী থৌইনশিন ! সেপ্তেম্বব তাবিখ ২৩ দা মনাউ ইবুংঙো অহুম অমসুং মনাই মশন কযানা থৌগন্দুনা মৈদিঙঙু সুবচন্দ্র মৈতৈ সনা লৈপাক থাদোকখি, সেপ্তেম্বব থাবোইদা কাছাব যৌখি। কুল্লচন্দ্র যুববাজনা নিংথৌ ওইবে। নিংথৌ গাদি অসি থাদোক্লগা বৃন্দাবন্দদা লেঙগনি হাযনা পোলিটিকেল এজেন্টকী মফমদা সনা যাথং তাক্লম্বা মৈদিঙঙু সুবচন্দ্রনা তানিঙ তামাঙ ওন্ননা ভাবত সবকাবদা চে (দবখাষ্ট) থাকবে। চেদুগী মবোল তুংইন্না সেনাপটি টিকেন্দ্রজিৎপু দন্দি পীনবা ভাবত সবকাবগী হুকুম পুদুনা আসামগী চিফ কম্মিসনব মিষ্টব কুইন্টন গুলাগাট থাদোক্তুনা সিলচব মাইকৈ পাঙলক্তুনা, ১৮৯১ গী মার্চ্চ তাবিখ ২২ দা মৈতৈ তম্পাক্তা থুংলখি। লেপ্তুনেন্ট কোলোনেল স্কীননা গুবখা পল্টন পুদুনা

চিফ কন্মিস্নববু থিলকই। টিকেন্দ্রজিৎ ফানবা হাপ্তা বাঙ্গলাদা মীফম ফম্নবা লাওবা দববাবনা অনীবক অবেম্ন। তাববদা তাং ২৪ দা সবকাব সিফাইনা টিকেন্দ্রজিৎকী সঙ্গাই কোইশিল্লম্মী। মৈতৈগা সবকাব লাম্মীগা কাপ্লবে। সবকাবনা মাইথিবে। মৈতৈ লাম্মীনা হাপ্তা বাঙ্গলাদা লান্দাবে। নুমিদাং পুং ৮ তাবা ফাওবদা লেপখিদে। লাল লেপ্পা, য়ানবা মতুং ইন্না, চিফ কন্মিস্নব কুইন্টন অতৈ বৃটিশ ওফিসাব মবি ব্রা ঙাঙনবগীদমক কংলা তম্না হাপ্তা বাঙ্গলাদগী পুবকখি। নোংদম্বগী থৌইনশিন তঙ্খাই মহৈ য়াল্লক্লে। পোলিটিকেল এজেন্ট মিষ্টব গ্রিমব্বুদ (কংলা লোইশঙ দববাব হোল) সিডি কুমথবদা তানা লেংদুনা হাংখি। আসামগী চিফ কন্মিস্নব গ্রিমব্বুদ কোলোনেল স্কীন, মিষ্টব কাসিম, লেফটেনেন্ট সিম্পসন, এসিষ্টেন্ট সেক্রেটবী টু চিফ কন্মিস্নব মঙক কক্কুনা হাংখি। কোহিমা, সিলচব, তুমু মাইকৈ অহুমদগী বৃটিশনা মণিপুবদা লান্দাবকখি। এপ্রিল তাবিখ ২৭ তা সাহেবনা কোনুং পায়খি। প্রসিডেন্ট সেন্ট জোহনফব কাউন্ত মাইকেন্স কম্যান্দেন্ট মেজব এঃ কে বিজওয়ে, নাগা হিলসকী দিপুটি কন্মিস্নব এঃ ডব্লিউঃ ডেভিস মখোয় অহুমনা কমিসন অমা শেমদুনা শাক্তি ১৪ গী জবান লৌদুনা বৃটিশকী মথক্তা লালহৌবগী অমসুং সাহেব মঙা হাংপগী ইম্ফালদা বিচাব তৌখি। বৃটিশ সম্রাজাগী মহাবাণীগী মথক্তা লালহৌবগীদমক ফাদোক থম্লগা বৃটিশ ওফিসাব মঙা হাংপগীদমক সেনাপতী টিকেন্দ্রজিৎ অমসুং জেনবেল থাঙ্গালবু

আগষ্ট তাবিখ ১৩ দা খ্বাই সনা কৈথেলনা তিনখৎলকপা মতমদা ঙক্তা থৌবি হুক্লা অঙাং ওলহনখি। মৈদিঙগু কুল্লচন্দ্রবু মনাও ইবুংঙো অমসুং মনাই অঙম্বা ১৩ গা লোয়নননা পূঙ্গি চুপ্না জিলা খবিচ তৌখি। মৈত্রবাক অমসুং মৈতৈ জাতিগী নীংতম্বগী নুমিৎ তাখি, নোংদম্বগী নীংবা থুংখি। মপা ইবুংঙো সনা চাউবী যাইমনা বৃটিশ সবকাব থেংনদনবা কাছাবদা নাথৈদুনা লৈখিবগা, মৈত্রবাক্তা নিংথৌ পান্দবা, মৈতৈ অঙম্বা মাংখিবা, বৃটিশ সবকাবগী মতৌদা মশুশিংগী নুংঙাইনবা, ফনবা, খনবনা লাইনীং ওইববা ইবুধৌ বামানন্দনা মশু ইবুংঙোশিং ইবেম্মশিং, মমাশিজ ইবেম্মগা লোযননা পুদুনা থাঙ্গাদা মতম খবদং যুগ থৈখি।

১৮৯১ সেপ্তেম্বব থাদা মণিপুবগী ওইবক্কদবা ফিভম অমদি নিংথৌ খনবগী মবমদা বৃটিশ সবকাবনা কুপ্না খন্ন- নৈনখি।

১৮২৪ দা পেম্বতনা, কিয়োন অমসুং স্কোটনা লুচিংদুনা লাম্মী তেঙ্গোল অমা শ্রীহক্তগী লাক্সী। কাছাব লানশীননা তকশিল্লকপা অৱাগা অকনবা লান থেংনখি। স্কোটপু অৱানা কোযশিন্দুনা থমখি। অৱাগী মখুৎতগী স্কোটপু কনবা ঙমগদবা মৈতৈ মচা কনা লৈবগে হাযনা বৃটিশ সবকাবনা হংলকখি। গম্ভিব সিংহ অমসুং নবতাংখোম্বা মচিন মনাও চোংথোকখি। মচিন মনাও অনিনা অচোইবা লুৱাংবগা লোয়নননা টিলাইন চীংখোংদা অৱাগা অকনবা

লাল শোক্লখি। মী মবাই হেন্না শীংলবা, বাণা প্রতাপকী চৈতক্লুম মমিং চৎলবা পত্র সিংহ্ কৌবা শগোল তোংদুনা অব্রা তেঙ্গোল মবক খাযনা নবতাংখোম্বনা থৌজিল্লকখি। স্কোটপু অব্রাগী মখুৎতগী মুন্দুনা শেগাদা চপ্লগা শগোল থক্তা থাঙ্গৎতুনা পুবক্লগা বৃটিশ সবকাবদা শিন্নখি।

হাযনবা লৈ মতমগী মমল মুন্না খঙলবা নবসিংহ্না ঈশিংলিঙৈদা, অব্রাগা লাম্থেংনবগী মবমদা, ময়াম্নুং ইবুংঙো গম্ভিব সিংহ্না মনাই থাদুনা হাওবা হ্ঙলববদা পাউখুম পীবা তৌদনা মখাগী ব্রাসি হাযদুনা লাইবক খেন- চাংযেংখি - "ইবুধৌ পাখঙবগী অশেংবা ঈমক্তা ওইববা অব্রাবু মাইথিবা পীদুনা ইমা লৈবাক মণিপুববু যেক্লবগী মখুৎতগী মুন্দুনা কনবা ঙম্বা তাববা, যাম্নুংনা ইপা ইপুগী খুভম হঞ্জিন্দুনা নিংথৌ ওইদুনা ইমা লৈবাকপু অব্রাবা কোকহ্নবা ঙম্বা তাববা, ঙসি কৌবা নুমিৎতা লেঙওন্দনা পাৎকী লাইজ কংহ্নবা ঙমজগে।" নবতাংখোম্বগী নীংজবা আশা যাবিষ্ঠ পাখঙবনা থুংহনখি, লেঙওন্দনা পাৎকী ঈশিং কংহ্নখি। পাৎ অদু ঙসি ফাওবদা লেঙওন্দবী পাৎ হাযনা খঙনবি। ১৮২৫ বলবামনা চৈথাবা কুমদা, অব্রাগা লাম্থেংনগে, ইপা ইপুগী খুভম হঞ্জিনবা ঙম্ব্রা যেংগে, খুৎশু খুৎলাই মতেং পীযু হায়না মৈদিঙঙু গম্ভিব সিংহ্না বৃটিশ সবকাবদা হাযজখি। মচিন মনাও কবি হাযনবি হাযনা

বৃটিশ সবকাবনা হংলবদা "ঐনা নিংথৌ ওইগনি, ইনাওনা যুববাজ ওইগনি, হায়না মৈদিঙঙু গম্ভিব সিংহনা খুমখি। নবতাংখোম্বদা অমুক কবি হায়বি পাউহংবদা "চুম্মী, সাহেব, য়াম্মুংনা নিংথৌ ওইবগা ঐহাক্না মনাও অমা ওইনা য়াম্মুংগী থৌগল ফংজবতনি ঐহাক্না পামজবদি।" হায়না নবসিংহনা হায়খি। মচিন মনাও নুংশিনবা প্রেম উবদা নুংঙাইমন্দুনা খুৎকা খুৎকা চিংনদুনা থাঙ্গৎখি, অমসুং মখা তানা হায়খি, "নযাম্মুংগী ধবানা খল্লবদা নব নঙগী ধবানা তুংদা শোয়দনা নিংথৌ ওইগনি"।

শামু ময়ানা থিন্দোবক্লবদা মাঙ্গে থেঙ্গু ময়াই চম্মী। নবতাংখোম্বগী পৃকচেল ফজবা, থম্মোই শেংবা, অফবা বেকোর্দ, মতম চানা নীংশিংনবকখি। মৈদিঙঙু লৈবেন নোংলেন শেন্দ্রেং মণিক খোম্বা নবসিংহগী ধবা বৃটিশ সবকাবনা থিবকখি। মৈদিঙঙু নবসিংহগী মচা ইবুংঙো খ্বাইবাকপা পুষ্কর মন্ত্রিবু নিংথৌ ওইযু হায়খি। খোয়য়োয়বোন হাওবম চনু লাইবোইবী মহাবাণীনা পোকপা মৈদিঙঙু নবসিংহগী মজাইবুংঙো ভুবন সিংহ যুববাজগী মশু ইবুংঙোশিং লৈবি। অমবু নিংথৌ ওইহনবীযু মখোয়না ওইফম থোকই হায়না পুষ্কব মন্ত্রিনা হায়ববদা কোলোনেল মেক্সওয়েলনচিংবা সাহেবশিংনা নবসিংহগী "ঈ" অশেংবনি হায়না পুষ্কব মন্ত্রিবু থাগৎনখি।

খৃঃ ১৮৯১, সেপ্তেম্বর থায়াইদা নোংমা মবুদ্ধৌ বামানন্দগী ইশ্খোলনুংদা মনুং অচৌবগী কোমদা ব্রং ব্রং লাওবা পাখঙবগী অকিবা ফঙলবা শব্দ য়াওনখোন তাখি। নোংঙাল্লগা অযুক্তা শুমাংগী অৰাং চীংখৈ পাংবদা মবুদ্ধৌ পাখঙবা পংচাও চাওদনা যাথোকখি। চেং-লৈ পুথোক্কুনা মবুদ্ধৌবু খুকমদুনা থৌনিখি। মবুদ্ধৌ বমানন্দনা মশুশিং কৌথোক্কুনা লেঙদনা য়াথোক্লিবা মবুদ্ধৌ পখাঙববু খুকমহনখি। মতুং মবিনি শুবগী অয়ুক্তা পোলিটিকেল এজেন্ট কোলোনেল মেক্সওয়েল, পুক্সব মন্ত্রি, মৈতৈ অঙম্বা খবগা মবুদ্ধৌ বমানন্দগীদা লাকখি। মাঙ্গোল ফমনফমদা তাঙবল অমা থাহনখি। মাংশোক্তা ফবাংজি ফিবুম অমা থাহনখি। মতমসিদা বাজা ডূম্ব্র সিংহ মশাগী চহি ২০ তা মঙাইবি। মবুদ্ধৌনা মশুইবুংঙোশিং কৌথোক্কুনা শকখঙ মাইখঙনহনখি। পোলিটিকেল এজেন্টনচিংবা লাকপগী মবমদি কনাবু নিংথৌ হাপকদবগে য়েংবা অমদি খন্নবা লাকপনি পাউদমখি। অঙাং ওইবিবা চূড়াচান্দ সিংহবু শেম্মিংবা মওংদা শেম্বা যাগদাবনা পোলিটিকেল এজেন্টনা য়াম্না পামনা মবুতা খনখি, মবমদি হাযদোক্লমদে, মতমনা ফত্তবনা, অশুম্না হাযনৈ:-

---

* তাংবন ফবাংজি মথক্তা ফীঙৌ থাবা।

* মৈতৈগী চৎনবীগা বৃটিশ অমসুং বাজপুতকী চৎনবীগা য়াম্না মান্নৈ। শংগ্রামসিংহবু বানা খনখিবগা অন্ধানি খেন্নবা হাযববু মৈতৈগীনা 'তাংবন' বাজপুতকীনা কৈ মউন অসিতনি।

চহী ৬ বোমদা ঙাইবিবা চুড়াচান্দ সিংহ হেক লেংথোবকপগা কনানসু তাকপা হায়বা তৌদনা *তাংবন মথক্তা লেংখৎখি, অতৈনা *ফবাংজি থক্তা লেংশিনখি, পি:এ:না হবাওনা মোমোন নোক্লুনা, অউবদনা ফাগী মানবা, মপুক নুংদনা, চান্নবা ওইবা সন্মান উৎখি হায়নৈ। কোলোনেল মেক্সওয়েননচিংবা পূক্লিং হবাওনা অমসুং নুংঙাইনা হন্নখি।

১৮৯১ সেপ্তেম্বব তাবিক ১৮ দা চহী ৬ থা ৫ তা ঙাইবিবা চুড়াচান্দঁ সিংহবু (মতুংদা মৈদিংঙু হুয়েন লাংজন ফাবা সাব চুড়াচান্দ সিংহজী কে:সি:এস:আই, সি:বি:ই, ভক্তবাজর্ষি শ্রীকুণ্ড সেবা বিনোদ, (গৌবভক্তি বমার্নববু) স্না লৈবাক মণিপুবগী নিংথৌ খন্দুনা ভাবতকী গভর্ণব জেনবেল ইন কাওন্সিলনা চাবোন শুবোন ফাওবদা লৈহৌবগদবা গাদিগা কোন্নবা "বাজা" উপাধি পীখি। ১৮৯২ সেপ্তেম্বব তাবিক ২৯ দা হৌনবী মতুংইন্না (কায়দনা) মণিপুব স্না লৈবাক্কী নিংথৌ থিন্দোকখি।

১৮৯১ সেপ্তেম্বব থাগী থানুংদা, কোলোনেল মেজব মেক্সওয়েলনচিংবা মবুদ্ধৌ বামানন্দগীদা লাক্লম্বা মতুং ইকুই কুইদনা হৌজিক পুডানা বাজবাডী হাযনা খঙনবিবা মফমসিদা স্না শঙ্গাই শাদুনা মমা শীজ ইবেম্মা ললিতা মঞ্জুবী অমদি মজাইবুংঙোশিং মজাইবেম্মশিং পুখত্তুনা লৈহনখি। বাজা ডুম্ব্রসিংহনা পম্থৌ শক্লা

মনাও ইবুংঙোশিং অমসুং মচন ইবেম্মশিংবু নাওকোনখি। মফমসিদা, লাইশং মাণ্ডব বামোন, দুহোন, পানা লোইশংনচিংবা শাখি। বামোন লৈকাই থাঙ্গপাৎ মপান্দা লৈবা বাজপুবোহিতকীদা, (খ্বাইনা পুবোহিত অমনবা হায়না খণ্ডনবিবা), মতম খবা লাঞ্জেন্দুনা লেংশিল্লম্বা, শ্রীশ্রী গোবিন্দজীবু লেংখৎতুনা সেবা চৎখি। মন্দিবগী নোংচুপতা সনা শঙ্গাই শাখি। মন্দিবগী অব্বাংদা বাজা ডুম্ব্রা সিংহগী শঙ্গাই (মন্দিবদগী পংলাপ লাপ্তুনা) শাখি। নোংপোক্তা লমজং ব্রাংমদা অতে ময়াম্বুংশিংগী শঙ্গাই শাখি।

১৮৯২ দগী হৌনা মিনাই ফুঙ্গাপানবা (Slavary) চহী মণ্ডাদা মিনাই হন্দোকপা, নিংথৌগীদমক যুমকোক য়ৈবা নিপা অমা/অনি নুমিৎ ১০/১০ নি লাল্লুপ কাবা তোকহনখি। বাজা ডুম্ব্র সিংহনা অবিভাবক ওইবদা নত্তনা লাকপসু ওইবম্মী। লাল্লুপ কাবগী মহুত্তা যুমকোক্তা চহীগী লুপা ২/২ খাজনা পীবম্মী। ১৮৯৭-৯৮ দা মণিপুবদা ইহান হানবা হল জবিপ তৌখি। ১৮৯৯ দা য়ুম্নাক্তা চহীদা লুপা ২/২ খাজনা পীবা তোক্তুনা মদুগী শকক্তা চাং নাইবা লম একব অমদা চহীদা লুপা ২/২ অদুগা চীংলমদনা য়ুমকোক্তা চহীদা লুপা ৩/৩ খাজনা লৌখৎখি। নিংথেম মচাশিং অমসুং ব্রাহ্মণশিংগী খাজনা কোক্কদবনি হায়না ১৮৯৮, এপ্রিল ১৮ দা আসাম চিফ কম্মিস্নবদগী হাযবকখি। কুম অদুদা (১৮৯৮) মণিপুবদা

(কোলেবা) খোংহাম্বা অচৌবা থোকখি (লাইথোং ফমখি)। মী য়াম্না শিখি। সোড়োক নাপী হৌখি, নুমিৎ তাবগা য়ুমথোং খুদিং থোঙ লোন্নখি।

১৮৯৫ দা নবালক ওইবিবা রাজা চুরাচান্দ সিংহ মেয়োর কলেজ অজমীডদা লাইরিক তম্বা লেংখি। পোলিটিকেল এজেন্টনা সুপরিটেনদেন্টসু ওইদুনা মরুওইবা শাসন তৌখি। মমৈদা সুপরিটেনদেন্ট ওইবা আই:সি:এস অমা লাকখি। নিংথৌগী মায়কৈদা মনাও ইবুংঙোগী মহুৎ শিন্দুনা রাজা ভুম্ব্র সিংহনা গার্জিয়ান অমা ওইনা কোনুংগী মায়কৈদা (কষ্টম, ধর্ম্ম, ট্রেদিসন- নচিংবদা পুদুনা) গভর্ণমেন্টগী থবক্তা শাসন পুবা য়াওখি। রাজা ভুম্ব্র সিংহনা অবিভাবক ওইনা পোলিটিকেল এজেন্ট অমসুং সুপরিনটেনদেন্টগা লোয়ননা শাসন পুরিঙৈদা থোকখিবা থৌদোক খরাঃ-

(ক) ১৮৯৬ তা কোলোলেন মেক্সওয়েলগা লোয়ননা লেংদুনা ব্রহ্মাগী কেপ্তেন মেমক্সা ব্রহ্মাগা মণিপুরগী সীমানাগী মরমদা কোংকাম থানাদা ব্রা ঙাংখি।

(খ) ১৮৯৮ ফেব্রুৱারি তারিক ৩ দা আসামগী চীফ কমিস্নর মি: কটন মণিপুর যেংবা লাকখি। মৈতৈ কুম্মৈ উৎখি। রাজা ভুম্ব্র সিংহনা শাগৈ অহল্লম্মন অমসুং মৈতৈ অঙম্বশিংগা তান্নবগা ব্রা ঙাংনখি।

শল্লপ্পা মবমদি ঃ-

১। হান্নগী কোনুংদা (কোনুং অমনবদা) কোনুং হোংজিনবা।

২। নিংথেমচা অমদি ব্রাহ্মণশিংগী খাজনা কোকহনবা

৩। অসিনচিংবা।

হান্নগী কোনুংদা কোনুং ওইহনবগী মবমদা পোলিটিকেল এজেন্টকা তান্নরগা, চীফ কমিশনাবনা য়ানিংদবা উৎলম্মী (ফজবী লোন্দা)। জোনষ্টোন স্কুল অমসুং ডাক্তবখানাগী অব্রাংদা লৈখ্রিবা লমদা (খুয়াথোং ফাওবগী মনুংদা) কোনুং শানবা চীফ কমিশনাবদা ঙাংনখি। চীফ কমিশনাব মশামক্তা ইশিনখি, ঙাংনখিবা হীবমশিং, মকওইনা নং ১ অমসুং নং ২ গী মবমদা নোট ইদুনা থাবকউ হাযনাপোলিটিকেল এজেন্টদা তাকপিখি। ১৮৯৮ এপ্রিল তাবিক ১২ দা পোলিটিকেল এজেন্ট মি: ঐস: এস: টি: পি: মেক্সওযেলনা মাগী নোট ইদুনা থাখি। জোনষ্টোন স্কুল অমসুং ডাক্তব খানাগী অব্রাংদা খুয়াথোংফাওবদা লৈখ্রিবা লম, অমদি ব্রহ্মা বোড অমসুং নম্বুল তুবেল ফাওবগী মবক্তা লৈবা পুলিস লাইনগী লম, অমসুং হৌজিক কোনুং শাবিবা লম অহুমগী মবক্তগী অকোনবগী লমদা কোনুং শাবা তাখি। বৃটিশ সবকাবগী সিফাই পল্টন থমগনি হাযদুনা হান্নগী কোনুং মফম (কোনুং অমনবগী মফম) পীখিদে। অসুম্নসু ইবম্মী, বৃটিশনা মণিপুব থাদোক্লবা মতমদা শেমগৎ শাগৎপগী মমল পাল্লি পাল্লিবা নিংথৌনা পীবগা লৌহৌবা য়াগনি।

১৮৯৮ অঙোমগী লম, ব্রাহ্মণশিংগী লম (১৮৯১ গী লান্দা অয়াম্বনা থাদোক্নুা চেনখি) অমসুং গুক লম্পাক পুনশিল্লগা মফম চাবা য়েংদুনা কোনুং শাবা হৌখি। বৃটিশ ইঞ্জিনিয়াবশিংনা শাদুনা পুবকপা দিজাইন্দশিংগী মবক্তগী অপাম্বা খন্দুনা হৌজিক লৈবিবা শঙ্গাই অচৌবা (বাজবাবী) অসি শাখি। ১৯০৬ তা শাবা লোয়দুনা শাঙ্গাখি। পুডানা বাজবাড়ীদগী শ্রীশ্রীগোবিন্দজি লেঙশিনখি, কুম্মৈ বাসক কযা তৌখি। বাজা ডুম্বু সিংহনা পুন্সি চুপ্পা শ্রীশ্রী বৃনামচন্দ্রজিউবু সেবা চৎচখি।

(গ) ১৮৯২ দা কুকিনা চীংজাবোই খুন্দা লান্দাখি। ১৮৯৭ দা সোমডা খুলেন্না লাল হৌবকখি। অমুক হৌবক্তনবা খুল মৈ থাখি। ১৯০৪ দা মাপ হাওবান হৌবকখি, সুপবিনটেনদেন্ট মি: ডুলবনা মৈতৈ লাম্মী পুদুনা হাওখুল থুগাইখি, নিংথৌ ফাখি। ১৯০৫ দা পোলিটিকেল এজেন্ট মি: মেক্সপীযবনা মৈতৈ সিফাই পুদুনা খোইবাও হাওখুল মৈ থাখি।

(ঘ) ১৯০৩ মনাও ইবুংঙো বাজা চুবাচাঁন্দসিংহজীগা লোযননা দিল্লি দববাব লেংই।

(ঙ) ১৯০৪ দা ইণ্ডিয়াগী ভাইসবোই লর্ড ফর্জিজন মণিপুবদা লাকখি, পুডানা বাজবাডীগী থাঙ্গাপাৎতা হিযাং তান্নখি, কুম্মৈ তৌখি।

(চ) ১৯০৪ দা অহিংদা হাপ্তা বাঙ্গালা মৈ চাকখি। মৈতৈ মচানা থাবনি, য়ুমথোঙ খুদিংগী নুপা অমমমনা য়ুমগী মপোৎ পুদুনা লাক্লগা শাউ হায়না পোলিটিকেল এজেন্টনা হায়খি। নিংথৌগী লাল্লুপ কাবা ফাওবা তোকহনবীববদা ইব্রা- ইপুবোইববু ব্রা- ঈ পুদুনা কবিগীদমক, সাহেবকীদা লাল্লুপ কাহনগদগে, কাহল্লোই হায়দুনা, হাপ্তা বাঙ্গালাদা শামুজাওবীনচিংবী নুপী খবনা লুচিংদুনা নুপী লাল তৌখি। নুপীশিংনা ঙমখি। সবকাবর্না মবল্লাই চেকনা ফজনা মৈ থাবা ঙমদনবা ব্রাংনা শাখি।

(ছ) ১৯০৪ নবেম্বব তাবিক ২২, ইণ্ডিয়াগী কম্মান্দব ইন চীফ লর্ড কিটনব (Kitchner) মণিপুব যেংবা লাকখি।

(জ) লৈপাক ঙাকপদা খুদোং চানবা নিয়ম, রুল, দেওয়ানি ফৌজদাবি কেসকীদমক আইন শেমদুনা মফম চানা-চানা শক্তি পীবম্মী। কোর্টকী মতাংদা সুপবিনটেনদেন্ট ওফ মণিপুবনা আপিল পোলিটিকেল এজেন্টনা বিভিজন লৌবম্মী, পূম্নমক্কী মথক্তা আসামগী গভর্নবনা লৈবম্মী ।

(ঝ) ১৯০৭ মে তাবিক ১৫ দা বাজা চুড়াচাঁন্দসিংহ নবালক ওইবি। ১৯০৮ ফেব্রুব্রাবি তাবিক ৪ দা নোংপোক বেঙ্গল অমসুং আসামগী লেপ্টেনেন্ট গভর্নব সাব লেন্সলট হেযাব মণিপুবদা লাক্তুনা বাজা চুডাচাঁন্দ সিংহবু বাজ গাডিদা লেঙখৎহন্দুনা সনা খুত্তা

মৈতৈ সনা লৈবাক্কী শাসন পীখি। শ্রীযুৎ মণিপুবেশ্বব মৈদিঙঙু বাজা চুড়াচাঁন্দ সিংহজীনা খ্বাযগী মকোক ফম্বৈদা লেঙশিন্দুনা নোংপোক বেঙ্গল অমসুং আসামগী গভর্নমেন্টনা থাবকপা ইণ্ডিয়া সিভিল সার্ভিস বৃটিশ ওফিসাব অদুনা ভাইস প্রসিডেন্ট ওইদুনা মৈতৈ অঙন্বা ৬ পু মেম্বব হাপ্তুনা ইহান হানবা মণিপুব দববাব লীংখৎখি। ঙসি ফাওবদা ৮ ফম্বী দাববাব হায়না নীংশিংনবি। বাজা ভুম্ব্র সিংহসু মেম্বব অমা ওইনা লৈবাক্কী শাসন পুবা যাওখি।

মণিপুবগী শাসনগী মকুওইবা লেজিসলেটচব অমসুং জুদিসিয়াবি দববাবনা পুন্না পাযখি। দেওয়ানি অমসুং ফৌজদাবিগী কেস দববাবনা তৌববসু বাজে মখৈদি জুদিসিযেল মেম্ববনা তৌই। জুদিসিয়েল মেম্বব খ্বায়দগী সিনিয়ব ওইবা দববাব মেম্ববনা ওইহনখি। বাজা ভুম্ব্র সিংহ পুন্সি চুপ্পা দববাব মেম্বব অমা ওইনা ওইনা জুদিসিয়েল মেম্বব ওইখি।

দববাব মেম্বব, জুদিসিযেল মেম্বব ওইদুনা শাসন পুবতা নত্তুনা বাজা চুড়াচাঁন্দ সিংহজীগী মনুংগী শাসনদা হায়বদি কষ্টম, ধৰ্ম্ম অমসুং মৈতৈ সমাজগী চৎনবোলগী শাসনদা বাজা ভুম্ব্র সিংহ অচৌবা শরুক য়াখি।

১৯০৮ জানুৱাবি তাবিক ২৬ তা (কবিগুম্বা বেকোর্ডনা জুলাই ২৪) মজাইবুংঙো বুধচন্দ্র জন্ম ওইখি। মজাইবুংঙো অহল বুধচন্দ্র (মমৈদা মৈদিগুঙু তুবি লাইবেল অঙৌবা মহাবাজ বুধচন্দ্র সিংহজীনা (খৃষিবাজ) অঙাং নৱা ওইবিঙৈদা বাজা ভুম্ব্র সিংহনা লুনা চান্না তৌবীবম্বা কাউবা য়াদ্রবা ফীদম্নফমনি হায়নৈ।

১৯১৮ জনুৱাবি ১ দা Hereditary distinction ওইনা 'মহাবাজ' হায়বা উপাধি অসি ইউবোপতা থোকখিবা পৃথিবীগী লাঞ্জাও অহানবদা মতেং পাংবগীদমক হিজ হাইনেস বাজা চুড়াচাঁন্দ সিংহজী সি: বি: ই: দা ভাবতকী ভাইসবোই অমসুং গভর্নব জেনবেল লর্ড চেলসফোর্ড (Chelms Ford) না পীখি।

SANAD granted to His Highness Raja Chura Chand Singh, C B E Raja of Manipur – 1918

I hereby confer upon your Highness the title of Maharaja as an hereditary distinction for your services in connection with the war

Delhi
The 1st January 1918

Sd/- CHELMS FORD
Viceroy & Governor General
of India

বাজা ভুম্ব্র সিংহনা পুন্সি চুপ্পা দববাব মেম্বব, জুদিসিয়েল মেম্বব ওইখিবতা নত্তনা বড সেনাপতীসু ওইখি। হিজ হাইনেস মহাবাজ সাব চুডাচাঁন্দসিংহগী দীক্ষা গুরুসু ওইখি।

বাজা ভুম্ব্র সিংহ অচুম্বা পাম্বা, ধর্ম্মবু কিবা, চেকশিন্না ঙাকপা, মৈতৈ জাতিগী ফনবা খনবা, শম্না হায়ববদা হীবম খুদিংমক্তা ফিদম্নফম ওইববা নিপা অমনি। মনাওইবুংঙো নিংথেম পীশক মহাবাজ সাব চুবাচাঁন্দ সিংহজীগী দীক্ষা গুরু ওইববফাওবদা তুংদা পবিং নিয়ম কাইদনবগীদমক শ্রীযুৎ মণিপুবেশ্বব মৈদিঙঙু নবতাংখোম্বনা দীক্ষা গুরু ওইখিবা শ্রীজগদিশ্বব শর্ম্মগী মচা- মশু কনা লৈবগে থীগৎতুনা জগদিশ্বব শর্ম্মগী মচানা পোকপা মশু শ্রীচুম্বা শশী শর্ম্মবু শ্রীযুৎ মণিপুবেশ্বব মহাবাজ চুডাচাঁন্দ সিংহজীগী ধমান্দি গুরু ওইহন্দুনা গুরুপাট ঙাকহনখি। বৈষ্ণব ধর্ম্মবু নিতি নিয়ম চুম্না মণিপুবদা চংহনবদা লমজীংবিনবা নবদ্বিপতগী চৈতন্য মহাপ্রভু অমদি নিত্যাইনন্দগী মশু শুথাং ওইবা, মতমদুগী অনকপা ধাবা কৌথোক্তুনা মণিপুবদা লৈহনখি । শ্রীশ্রী গোবিন্দজীগী মঞ্জদা অব্বাং কৌব্রু পাংবদা ফমফম পীখি। কাৰ্ত্তা- বংশগী ঙমথংদা নবসিংহ বংশনা মৈতৈ লৈবাক্কী নিংথৌ ওইবা হৌগৎলকপা মতমনি। কাৰ্ত্তা বংশনা পাল্লিঁঙৈদা মৈদিঙঙু কুলচন্দ্রগী মতম ফাওবদা ফম্নাইবা ওইবন্না মৈতৈ, ব্রাহ্মণ ফম্নাইবাশিংগী মহুৎতা, নবসিংহ বংশনা নৌনা পাল্লকপা মতমদা, ফম্নাইবা কয়ামকম নৌনা হাপখি।

অবি- অনৌ শিন্নবগী ফমফমগী বেবা য়াম্না তৌনখি। ইবাং অচৌবা অমা ওইখি। লৌশিং থৌবা, ধৰ্ম্ম কায়দবা অশেংবা পুকচেলদগী থোবকপা, নুংশিবা অচুম্বা ৱাহৈ খোনফমনা ফম্নাইবা অবি-অনৌ অনীমক্কী নুংঙাইনদবা নেমথহনখি। খুদম ওইনা, পুবোহিত শিন্দবা য়াদবনা পুবোহিত নৌনা হাপ্লগা হান্নগী অবিবা পুবোহিতপু ব্যবস্থাকাবী হাপচিন্দুনা লিনশু শিনবা চৈনা তেক্তনবা শিনখি। অসুম্না হায়নৈ বাজা ডুম্ব্র সিংহ ধৰ্ম্ম অমসুং কষ্টমগী চৎনবোলদা ফৈগাক ফৈনা ঙাকখিবনা মহাবাজ চুড়াচাঁন্দ সিংহজীদগী সনা পূক্লিংদা ময়াম্পুং লৈ খন্দোক্লুনা লুববা তানফমদা ফাওবা সনা পূক্লিং নুংঙাইথোকপা ঙমখি।

মতমদুগী মৈতৈ সমাজগী অমাং-অশেং, চৎনবোল, লমচৎ- শাজৎ, শিংথানবা য়াবা, নীংশিংফম ওইবা, খঙবদা কান্নবা, মতাং অমনি। অফিস, স্কুল, কৈথেল কাবদা, শেৎ- চাবা ফী মাঙনবম্মী, তোঙান্না থম্লবম্মী। কুন্নকপদা ইকজথোক্লবমই। সুধা-সাপন মাঙনবম্মী। কবিমুক হায়গনি। পুডানা বাজবাডীদা লৈবম্বা শ্রীযুৎকী স্না শঙ্গাই সাহেবনা শোকলুই হাযদুনা মাঙথোকখি, মপোৎ মচৈদু মৈতৈ নত্তবা জাতিদা পীথোকখি। অহল- লম্মন অঙম- অথৌগী মমিং ফান্না কৌনদে, হায়নবা লৈ, বাজা ডুম্ব্র সিংহনা পুন্সি চুপ্লদা মী অমতগী মমিং হায়দুনা কৌখিদে, "ইপা" নৎত্রগা "অতো" হায়বা নত্তনা। লম্বী চৎপদা নুপী অঙাংনা নুপাগী

মমি নেৎনদে (মশক খঙদ্রবা ফাওবদা)। শ্রীযুৎনা লমজাও শোড়োক্তা লেঙলকইদা তাবদা হান্নবা খুকখুদক কুন্দুনা ঙাইবগা, খুকম্নবম্মী। নুপিশিংনা মকোক খুন্মী। ছ্যাটিন থুপচিন্নে। লম্বীদা নুপীনা মশম থাদোক্তুনা চৎনদে (লৈশাবী নত্তুনা), মশম থাদোকপা নুপী কয়াগী মশম খুদক্তা ককথৎলি। নুপানা ফৈজোম তোমান শেৎনদে, কুঞ্জা কাওবা চৎনদে। গুরু শিষ্য ব্যবহাব ফজনবমই। অহল-লম্মন মমাংদা খোঙউপ খুকম তোংনদে, শ্রীযুৎ, অঙম অথৌ, সভাগী মমাংদা মবক্তা চৎপদা- চঙবদা নোঙ্গদুনা খুৎনা নৎত্রগা ফীনা খোঙ খল্লগা চৎনবম্মী, চংনবমই। অঙম- অথৌগীদা চৎপদা শুমাং মচিদা খোঙউপ থল্লগা চংনৈ। লৈশাবী নত্তবা নুপীনা লম্বী চৎপদা ময়াম তিনবদা মকোক থাদোক্লদে-ফীনা মকোক খুম্নবম্মী। লাই খুকন্দা ঙাইহাক থাদোকপা নত্তনা, মকোক খুম্নে। মশমসু থাদোকপা য়াদে। বার্ত্তন তৌবদা অমদি শ্রাদ্ধা কর্ম্ম, উৎসব, লুহোংবনচিংবদা ক্কা অনী শেম্বা, অহুম শেম্বা, মবি শেম্বা তৌদুনা, নিংথেমচা, লৈমসিজ নিংথৌগী মচা-মশু, ব্রাহ্মণ, মীচম, অঙম- অথৌনচিংবগী ঙাকফম থোকপা মগুণ মশক ঙাক্লবম্মী। অসিনচিংবা ...। ঙসি ফাওবদা- মসি পূম্নমকসি বাজা ডুম্ব্র সিংহনা লৈখিদ্রবদা নোংমা-নোংমগী মাংথখি।

বাজা ডুম্ব্র সিংহ স্কুল কলেজদগী সার্টিফিকেট ফংনবা মওংদা লাইবিক তমখিদে, মতমদুগী চৎনবী মতুংইন্না, পয়াব, হায়বা- থিবা ধর্ম্মগা মবী লৈনবা লাইবিক তম্লম্মী। বেঙ্গলী, হিন্দি চৎনবা য়াবা

ঙাংনবা ঙম্না - ঙমখি । শাসনগা মরী লৈনবা অফিস, কোর্টকী থবক্তা, ধৰ্ম্ম- কৰ্ম্মগী মবমদা সমাজ সংস্কাবগী হীবমদা য়েংনববদি লাইবিক হৈতে হায়মনবা থোক্কনি। ফাইন আর্টতসু পংনোপ নোপ্তে। শম্না হায়ববদা ঈশৈ য়াম্না পামই, ঈশৈদা থবায় য়াম্না য়াওই। য়াম্না তোয়না ঈশৈ থোল্লম্মী।

শ্রীধাম বৃন্দাবন্দ য়াম্না তোয়না লেংঙি। বাধা কুণ্ড কেশী ঘাততা লম লৈদুনা মন্দিব শাখি, শ্রীশ্রীবাধা ব্রজমনিজীউগী আশ্রা অমা থম্লমই।

শ্রীযুৎ মণিপুবেশ্বব মহাবাজ মৈদিঙঙু হুয়েন লাঞ্জন ফবা সাব চুড়াচাঁন্দ সিংহজী কে:সি:এস:আই, সি:বি.ই, ভক্তা বাজর্ষি শ্রীকুন্দ সেবা বিনোদ, গৌবভক্তি বমার্নবনা নবালক ওইবিঙৈ স্না খুৎনা শাসন পাযদ্রিঙৈদা হাওবান ঙাকখিবগীদমক ব্রাব সার্ভিস তকমান অনী, লৈপাক শাসনদা হৈ-শিংবদগীদমক সার্ভিস তকমান অমা অমসুং পুম্নমক্কী মথক্তা ভিক্টোবিয়া ক্রোশকী তকমান অমা শুপ্না তকমান মবি বৃটিশ সবকাবনা মনা ওইনা বাজা ভুদ্র সিংহদা পীখি। ১৯৩৫, জনুৱাবি ১ দা ভাইসবোই অমসুং গভর্নব জেনবেল লর্ড ৱিলিংটননা বাজা উপাধি পীখি, মতমদুদা হকপান্নবী হাওবম চনু (হান্না থম্বাল দেবী কৌবী) ঠাকুবপ্রিয়াসু মপুবোইবগী মতিক মঙান্না বাণী উপাধি ফংখি।

# SANAD

To

Rajkumar Dumbra Singh, Senapati,

Judicial Member Manipur State Darbar, Imphal Assam

I, hereby confer upon you the title of "Raja" as a personal distinction

Delhi
The 1st January 1935

Sd/- WELLENGDON
Viceroy & Governor General of India

১৯৩৫ জুন তাবিক ২৮ দা বাজা ডুম্ব্র সিংহ সেনাপতী, জুদিসিয়েল মেম্বব মশাগী চহি ৬৪ খবা হেল্লকঁপদা নুংশিখি। বাজা ডুম্ব্র সিংহ বড় সেনাপতীগী মজাইবুংঙো ৬, মজাইবেম্মা ১১ নি।

শ্রীমতি চোংথানা - (১) নয়নম্মা দেবী (২) মনিম্না ওর্ফে ভাষ্কব সিংহ (৩) সনাতোম্বী দেবী

শ্রীমতি হাওবীনা - (১) মাইপাকম্না দেবী (২) তিঙ্গোংম্না

দেবী (৩) তেকপীম্না দেবী (৪) বোবোম্না দেবী (৫) নাকৌম্না দেবী (৬) ইবোচৌবা ওর্ফে হোমেন্দ্রজিৎ সিংহ (৭) সনায়াইমা ওর্ফে বুদ্ধেন্দ্র সিংহ (৮) ঘনশ্যাম সিংহ (৯) ইবেমপীশক দেবী (১০) খোম্বীম্না দেবী (১১) তথোতম্না দেবী (১২) ম্নাতোম্বা ওর্ফে টিকেন্দ্রবীব সিংহ (১৩) তোনদোনম্না দেবী।

শ্রীমতি নোংমাইথেম্বীনা - (১) সনাজাওবা সিংহ অসিনি।

## নরসিংহগী বংশাবলী

**Genealogy**







মথক্তা পঙ্জবিবা খবর্সি রাজা ডুম্বুগী সনেপ্পা জীবন চরিত্রনি।



বিন্দা লাইব্রেরি এণ্ড প্রিজার্বেসন ফাওন্দেসন
শগোলবন্দ, খয়ুাম লৈবক, ইম্ফাল-৭৯৫০০১, মণিপুর

ফোঙলবা লাইবিকশিং ঃ

১। অযূক্কী অতিয়া (শৈরেং, ২০০৭) অইবা -ওসি মৈবা

২। তুবেল নঙদি (শৈরেং, ২০০৮) অইবা- বিরেন্দ্রজিৎ নাওরেম

৩। রাজা তুম্বগী জীবন চরিত্র (বাইওগ্রাফি, ২০০৮)
অইবা-মোইরাংথেম তোমচা সিংহ

৪। মনিপুরগী থরানমিচাক খবা (বাইওগ্রাফি, ২০০৮)
অইবা- রাজেন খুমুকচম